# পুন্সি নুংশাং থৌনিরোল

## (লমজুম লাইপাও)

ঈমাবু য়াম্না নুংশিজৈ
  মীমাবুসু অতুমক ইকাই খুম্নজৈ;
অপোকপনা তাইবং মীওইবা ঐথোয়বু,
  থেংনবা নাইনা শেমবিরমলে—
ঐগী ঐগী ঈনাৎ থাদোকনদনা,
  মীঙোন্দসু খুৎ থিংজিল্লুদনা,
মরুপ-মপাং ওইননা,
  নুংশি চান্না অঙম্বা তেংবাংনহুনা,
  মালেম অসি ইংহল্লসি॥

নহারোল মীতৈ ঈরপ।

অইবা: মাইবমচা তোম্বা খুমন

অকোঙবা: নহারোল মীতৈ ঈরুপ।

লাইরিক অসিগী পুক্লনমক নহারোল মীতৈ ঈরুপকীনি।

অহানবা থুংনম।

মশিং: ১০০০



3rd January '82.



*Printed by: Y. Goura, Chairman Publication Comn Naharol Meetei Eerup, Khongnangthaba Press, K Lamlong Keithel, Imphal.*

# নহারোল মীতৈ ঈরুপকী

## শৈরেং ঈশৈ

[১]

হৌরো— হৌরো—
হৌরো, হৌরো, পারিখোর
ঈমোমখোয় ॥
নোংপোক্‌ মায়কৈ ওয়াংরে,
চীংখৈ থিজুপ্‌ হরুরে,
উচেক্‌ বায়া খোঙ্গরে,
মায়কৈ পুম্বা নিলখরে।

[২]

মীয়ৌ লাংদু পাকুবা,
মীপাল ভঙ্গনা হিংকরবা,
মীওম প্রোভু খ্যনরবা,
মিকপ থোক্লে ওসিদি।

[৩]

মীতৈ লৈমখিন শকতমশে,
মাপেম লিদ্দ ওসি
মীতৈ লীনাং নিংখিবা
থওজালসি ওসিদি।

১। মাইবমচা তোম্বা খুমনপী মরেক
২। খবাম হাম্বা, অথেলমনুম্‌ নবচন্দ্র
৩। শকপিবা—SOSIMA.

শকপিনিং ঙাইজরিবা ঈশৈ অমা—

[১]

চীংনা কোয়না পলশ্যারি,
পলশারি,
অশংবা ফিজোলনা লৈতেংলি,
লৈতেংলি ॥
চীংমী তম্মী অমনি,
ঈমা-সিগী মচানি,
ঐখোয় ঈচিল-ঈনাওনি।

[২]

কৈরেল লাবা পাংগক্পা,
লানজং পুরেন অথৌবা,
ঈপা-ঈপু কাওদরি,
ঈগী ঈখল হোংদরি।

[৩]

কোরৌ নোংপোক য়াহৌরি,
[illegible] তুংইন লেপতরি,
অপারি পাঙ্গল হলদরি,
নমোম থৌনা কংদরি।

ইজবা— মাইবমচা তোম্বা খুমন।

# ৱাহৈ অরদং

পাক-চাওবা মালেমগী খুন্নাইলকসিদা শীকলবা উফুল মরিক অমত্তং ওইনস্থ ঈরোন-ঈনাৎ কনজঁনা তরং তরং হিংমিন্ননিংবা 'নহারোল মীতৈ ঈরূপকী' পান্দম, চৎচরিবা লম্বী অমস্থং য়েংজ-রিবা মিৎয়েংগী মশক ওইরবা "পুন্সি মুংশাং থৌনিরোল, লমজুম লাইপাও" কৌবা লাইরিক মচা অসি ঈরূপকী ৱাঙ্গু মাইবমচা তোম্বা খুমন্না ইথোকপিরক্তুনা তাং ৮/১১/৮১ ইংগী ময়াই থৌবাং-লুপকী ৱারেপ ন· মরি শুবন নমথোকনবা চেকোংলুপ্তা শিন্নখি।

হৌজিক হৌজিক্কী মালেমদা ওইরিবা চরক-চহিং নাইরবা — লাইনিং-লাইশোন খেৎনবগী, অচৌবনা মচাবু য়োৎনিংবগী, অশিং-বনা অপংববু তুহৎনিংবগী, খুৎলাই হৈবনা খুৎলাই থানৎবনচিরগী চিক্লা-চাইনা ঙমলকত্রবা অমদি থাইবুং-থাইবুং উনরকলবসিদা করম্বা লম্বী চৎকদগে হায়বহ্ন লাইরিক মচা অসিদা চিনস্থ-পাস্থনা ইথোক্লি। মরুওইনা তুংগী য়ুম্বীরেল ওইগদবা নহারোলশিংনা তঙাইফদনা খঙবগী মথৌ তারবা ফজরবা অৱাংবা ৱাথল লম্বী অমা লাইরিক অসিনা উৎলি। ৱাহৈ ৱাতাদা য়েংলুরবস্থ ইরোলতগী ওইবা ৱাহৈ, মতম কুইনা তারুত্রবস্থ হায়দোকুলকপদা নৌহৌনা হুংঙাইবা ফাও-হল্লি. ঈৱায় ঈথিলগী খোঙচৎ মামহল্লি। কে-মৌরবা লৈশাবী অমগুম ঈরোলগী মপুং ফাবা ফজবহ্ন অপাবা অমদি অতাবশিংদা তরং তরং ফাওহল্লি।

অরোইবা ওইনা "নহংরোল মীতৈ ঈরূপকী" Publication Committee গী Chairman Y. Goura, L. Kunjo (Secy. O) Dr. Nabakishwar Khuman (Secy. R) অমদি অতৈ লোয় পুন্নমক্লা ঈরূপকী থবক্তা থৱায় য়াওবিবা, পাঙ্গল অমদি শেলগী মতেং পীবীরকপগীদমক থাগৎচরি, লোয়ননা তেং-বানবা মপু অপোকপগী মফমদা ঈরূপকী য়াইফ থৌজাল নিজরি।

তেনশুবম লমকেল
**President Naharol Meetei Eerup**
**Date 27-12-81.**

# পুন্সি স্নুংশাং থৌনিরোল

# লমজুম-লাইপাও

[১]

**মতম অহুমগী লাইবাঃ**

ঙাংনা কারকই মঙাং কৌএ,
লুনা ৱাংনা কারকই লুৱাং কৌএ,
থুনা মংনা তাথি খুমন কৌএ;
ঙসিস্নু ঙাস হয়েংস্নু ~~হৢঙেস্নু~~ ঙসি
হ-চিতস্নু ঙসি মশেমস্নু ঙসি,
স্নুমিং মরিনি অসিনা নোংমত ওইদনা
ঙসিত পুন্সিজগে ॥

[২]

পন্সি স্নুংশাং ৱারীনি অশি থিংবা লাইৱানি,
শদ উপান থান-বা নাদ মউ লিংন-বা,
স্নুংশি লৈথোন-বা চায়-লীজাও-বা,
মালেম ইংনা পায়-বা তাইক পুম স্নুংঙাই-বা,
যেরু খিবিক তুমন-বা পুক্লিং ৱাখল তিন্ন-বা,
থরুম নাশোন শামন-বা উংখং ইথক কংন-বা,
চিশ-নাইশা য়াওদ-বা অপঙ অশিং খাইদ-বা,
অচৌ-পীশক নাইদ-বা অতোনবস্নু কয়-বা;
মরৌ চাওবা চংদ-বা মতাং নাইবা চন্দ-বা,
ঈশক ঈতৌ কজ-বা ঈনাং মশক মাঙদ-বা,
য়েংশিন-খোংচিন ককন-বা মুননা পায়া খানা-বা,
ঈতিক-ঈয়াই হন্দ-বা ঈমা-ঈপা মাঙদ-বা,
অচৌ খয়াং চংদ-বা অপীক কাংলুপ হিংন-বা ॥০॥

+ + + + + + + +

[৩]

নাপ্পা চিক্লা তাবিয়ো তিল্লাং খয়োংনবিয়ো,
নপল মকা লামবনা খাইবুং মমুল কারবা,
হিদানবা রাখলনা পুক্লিং শাক্তে থারিবা:
ঐনা হেল্লে হায়দনা য়াম্বা ঈথল হোরিবা,
ইদোম হাইনা পাল্লগে মালেম ঐগী ওইরগে,
অথোই মরাং হৌরিবা থাংলেন খুংগু কেংলিব;
অপিকপবু য়োংলগে মম্না লাওনা কারিবা,
হুইয়েল লানশিংনরিবা চাইনা লানবুং খোল্লিবা॥

[৪]

অপিকপগী কাংলুপস্তু চৈরে কৌনা শেমলিবা,
লাকচ নিংদোল পোমলিবা মখা করক চিকলিবা,
ইরাই লায়না শিররোই ইচম চমনা চংলরোই,
চংজ-রাহৈ থাররোই মনাই ওইনা হিংলরোই:
থৌনা নথাক থমলরোই লিংজেল চনিং হল্লরোই,
মপুকনুংদা চংলসু মৈরি ওইনা চাকলগে,
য়াপংভনা চিকলগে ঈকতসু য়ুরগে;
পায়মা মুংদা ভেমশিংনা শরি পন্দোন লোমনরি॥

[৫]

অইংবন হায়রকই অথভবনা লাওরকই—
মচা চাগে নিংকিন্নু শক্র থৌদা পনগনি,
নশা পুন্সি ভেনগনি অচৌ মক্তে তাগনি,
লৈপাক মম্বা তাওগনি খুনাই মশা পানগনি,
মীকপ মীরাও য়াক্কনি অইংবা থম্মোয় তাভগনি;
উফুল তানা শিংননি পাক্কল লোয়না চায়ননি;
অচুম অয়ান থভলনোই রায়েল পথাপ লৈররোই,
মৈরী মৈজাও হৌবনি মালেম তুম্না চাকননি॥১॥

[৬]

চিশিল্লকপা মতমশিদা লুশিল্লকপা মতাংশিদা,
ঈমাতবু নিংশিনি ঈপাতবু খল্লকনিঃ
চংজবনা ইথৌনি নিংজবনা ইতিকনি,
পলেম পঙ্কৌ নিংলসি পুক্সি থৌদাং পাংলসি,
পোকপৈ মইহৈ য়াল্লসি খোমলাং লমন শিংলসি,
লৌশিং মৈরা চমলসি অচুম্বা লমজং তমলসি,
অপুনবা লিচিং ঙৈংলসি য়ানবা লম্বী থিরসি,
লৈজবা লিংজেল থারসি অরোং থৌনা ফোংলসি ॥

[৭]

ঈমা মপাই তমলসি থম্মোয় ফিগৈ শেংলসি,
পুকচেল তিংনা লাওরসি পুক্লিং শেংনা নিররসি,
য়াইফ পাওমেল তারসি থৌজাল লাইকু ফংলসি,
কৈনিংব য়েন্নিং হুল্লসি শুনিংব মরাং হৌরসি
শিল্লম শিম্বা চুমলসি ইথৌ-ইঙম পাংলসি
শিদ উরোং খিল্লসি নাদ মপান থারসি,
শেন্দোং লৈনা হল্লসি মপু নাক্তা য়ৌরসি,
লৈনম ওইনা তিল্লসি অরান খুবম ফংহল্লসি ॥২॥

[৮]

লদায় পীনরো ঈবা নগী থা শাং—

য়েক্ক খুদিং ঙুলবা চায়না খুদিং থোয়রবাঃ
মীশুন পোনজাও য়ানখাইঙম মীশা থৌরি ককডস্বা,
নুংশি থৌরি শমডম্বা চান্ন-মরি চাওডম্বাঃ
ফত্ত-রাখল চাকডম্বা অক-রাখল য়োকডম্বাঃ
কল্লক-মপৈ তুমডম্বা মরুপ চৌংথুম শেমডম্বাঃ
অমম্' লম্বী মৈরাবা অতোং অকুৎ তোমডম্বা,
পম্বুং লমজং চিংডম্বা থাংলেন খুৎসু অথোইবা ॥

[৯]

মৈরি তোন্দ খৌশাবী মুংশিং শাদোংনরিবী,
ওইগী লমদাং ওইরকপী পুম্না মমা ওইরিবী;
অচিক অশা খায়রিবী তাইবং য়েন্নিং হুল্লিবী,
লাইজ ঈশিং ওইবিনি ঈখল পুম্না শকপিনি,
পাঙ্গল ইচিক হুনবিনি ইচেল ঈরৈ নাইবিনি,
খবায় মিরেন য়োকপিনি পুন্সি চেংজেল ওইবিনি;
নরা-চাওদম ইল্লকপি হম্মু মরাই চাইরকপি,
মীরোল নাইনা লনকুবী অরি-অনৌ শিল্লিবী ॥

[১০]

মতম খোংলৈ নাইহনবী লৈশাৎ য়েন্নিং চোংহনবী,
মহৈ-মরোং য়োকলিবী চান' চৌংহুম চৌংশোবী
শিদ' পাওচেল লাওরিবী নাদ' মহৈ য়োকলিবী,
নচা-নশু কোল্লিবী অহেন-অথোই তেমলিবী;
ননিং শিংথা লোইদবী শিন্ন থুংনা লৈরিবী,
ঈদা শাংপী ঈরৈমা লন্দা লৈবী লনলৈমা,
শিন্দা তোংবী শিল্লেনা লমদা ওংবী লমলৈমা
লম-শেনবী তুশিনবী হি-পোকপী য়াই-পোকপী ॥

[১১]

তাইবং খৌরম মরমগী তৌজমনগী মহৈবু—
লাজমনগী তেকচাকপু চুমজমবগী ময়াইবু,
নতিক নয়াই হাপলিবী লেপনা লাইকুনরকপী;
রায়েল-চৈরাক পায়রিবী অঙান' লম্বী তাকলিবী,
জগোই খুথেক হৈরিবী হরাও খেনা চোংলীবী,
শারম-ঙারম খঙলিবী রাইর শাফা তোইরিবী,
চায়না লানবুং খেল্লিবী লানঙম-চুকলি পায়রিবী,
হুয়েল লাম্থোং শিল্লিবী লানলৈমববু কৌরিবী ॥৩॥

[১২]

তুমথরুবা কুইরনি শুমথরুবা শংলনি,
শিংলি তবং চুরননি তোংশা ইথুই-থুইরনি,
ঈচেল খোঙলৈ থিল্লনি বাখল মখৌ মকলনি;
খৌজাল মিংয়েং তাবিরো য়ুকায় পাওজেন্নবিরো,
অমম' লৈশানবিরো তাইবং মালং ঙানবিরো,
খোয়থুম য়ারা তাবিরো মীকপ লাললাও লাওবিরো,
নচা-নও চিংবিরো ননাই-নশল থোবিরো,
চায়ন লানবুং খেনবিরো লানঙম ফিরান পায়বিরো ॥

[১৩]

ঙাইহাক পুংগোই খিনখিবা মৈরৌ হেঞ্জিল্লরনি,
মতম লাইকু হৌখিবা তানজ-ফবা মাঙখিনি,
থৌরম মহৈ কংলনি মিরেল পোলাং তারনি;
নচা-ননাই মাঙলগা নপোৎ নরল লৈররোই,
শাগৈ-শলাই লোমলগা নংগী খোংগুল মুৎলনি;
নতিক নয়ান শকলরোই ঈরাৎ থৌরম তৌররোই,
নিংশিং তুংওইনবনি অকাও পরৈ চল্লনি,
নংগী খুনাই মুৎলনি মতম মানা য়োৎলনি ॥৪॥

[১৪]

লংজ চাওবা ননাইনা পঙজরিবা নচানি,
ফিজি-ফিনা' হুমখিবা লংজ লিশিং য়াওখিবা,"
ঙাকপি হৈবী ইমানা পেনবী হৈবী পলেম্মা,
নুংশি থোইনা ঙাকপিয়ু নচা ওইনা কনবিয়ু;
নতমপাক্কা থমবিয়ু মায়কৈ-তরা ঙাকপিয়ু,
শাম্বা পাঙ্গল হাপপিয়ু লৌশিং মঙাল পীবিয়ু;
মথং-মথং কাজগে হুমিৎ থাগুম রাংজগে,
পম্থৌ পাঙ্গল ফংজগে ঈপু মতিক য়োৌজগে ॥

[১৫]

কৈরেল লাবা ওইজগে মচাক তুনা য়াওজগে,
পুন্সি খোদাং পাংজগে ইযাব' লক্তা তিবজগে,
ঈপোং ইবন খঙজগে মায়খোং নংবা ঙ্কিজগে;
মীপোং ইবন শাজরোই ঐগী ঈমা খাজয়োই,
খুংপায় চেংনা পায়জগে থম্মোয় শেংবা লাওজগে;
হিশা-নাইশা বিরম্ম নপী লাননা চিংনম্ম,
লেনফু চোইংমায় থারম্ম মীয়ৈহংম্ম ওইরম্ম,
নহলক্কবদা হুনখজো নাত্তক্মদা তেথজো ॥

[১৬]

অহাং নোংপোক ঙানহৌরে চিংথৈ ঙাংকু হৌথরে,
উচেক-রাম্রা খোংখরে মায়কৈ পুম্না নিংখরে,
কোম্রো মশেক ফংখরে মায়কৈ তরা ঙানখরে,
অমম' অহিং ওইবগী পুকচেল খোইকা থৌরমদো,
মতম্ম বরা তুরকপগী হৈনখিবা য়াখলদো,
অঙানবদা ওইরমোই চনফমম্নু লৈরমোই;
ঈমা-মীমা খঙলশি ঐখোয় কোনখেং ওইরশি,
অরাই অতাং থাবশি হুংশি চাননা লৈরসি ॥

[১৭]

নওগী নযা কৌকরোই খোঙ্গল লাংগন চঙফরোই,
কনা থিংলি মালেমসিদা শুকনম লাংগোই লৈতেনা;
পলেম নংগী অপোকপী য়াজরবী নযানা—
মপারি-মমোম ঐখোয়না খৌওইবিদ' উরগা;
খোইজক কররমবা নাকোই নমচং য়েংলগা—
মায়খোঙ খেগুম লাংশিননা অবা পোংলুহ পুরিবা,
মীমা মাঙদা মাইথুম্না পিরাং শিম কপলিবা,
থম্মোয় খুথুম ওরিবা মখোন শেন্না লাওরিবা ॥

[১৮]

পারি ইমোম নখোয়বু নমা ঐবু কাওরবোই,
নে শিং পুম্বা মাঙলবোই রাখল লৈখা তাপ্রবোই,
মীহু লাইজ থক্তুনা মীরৌ কোমদা কুমলবোই,
নশা মীনাই ওইনবা নরিন তেংনা শুরবোই;
পোকচমনগী মহৈদি নমা ঐবু খোঙগাওনা,
মীমাদা 'ঈমা' কৌদুনা তিনশিংনবা অসিরা?
পুবনুং এগা তিলানা ঈশা ঐগী ঈাননা,
অশা মিথপ্রেং থাঙমদে মাঙন মীচৈ পীঙমদে॥

[১৯]

রাখল চাওরো ঙসিদি লৌশিং মঙাল ফংলোদা,
অপঙ লাইমন কোকচরো রাখল মকা লামজরো,
ঈমাগী ঈশক উরগা থম্মোয় রাখল খঙজরো,
তাকইবা লম্বী উদন পলেম নাক্তা চংলকলো:
অঙাল লম্বী তাকলগে পম্বুং লমজং য়াল্লগে,
পম্বৌ খোম্নুল লীররো নপা-নপু শোল্লরো,
পাগী পারেপ ফংলরো পুগী পুরেপ য়োররো,
তাইবং মীরক তিল্লরো নচাক নরল য়োকলরো॥

[২০]

থকসি-খাসি ফংজরো নঙগী নফম নাইজরো,
উতাংবীগুম হিংলমু নপচ-তাংজ চারমু,
নংগী চাকলুক স্নাররো নমান' মীরক তিল্লরো;
নোমজমনগী মহৈনা তৌজমনগী ময়াইনা
মায়খোঙ শেলগুম লংলনি নতিক নয়াই চাওরনি,
তুংইন-খোঙলোয় য়ামলনি থৌগল-লাংগন শুরনি,
হাইনা হুমনা পাল্লনি নঙাল চাওনা তারনি,
মালেম তাইবং শল্লনি নোল্লুক রাহৈ ফংলনি॥

[২১]

মকদ্র মপাং লিরনি নুংশি কাংলুপ মাংলনি,
য়েক্ল লানলাও তাররোই চায়না পুক্ষু খোজরোই,
চংজ কাংলুপ য়ামলনি চা-ননাই নশলনি,
শাজৈ নংশী চাওরনি শল্লাই নংশী কল্লনি,
অকি-তুজুং ফাওরনি হজং মিংয়েং শামলনি,
য়াইবী মরাং হৌরনি মুংঙাই মপাল শারনি,
চাননা মরি চাওরনি খাইবুং মক্র মুংলনি,
মালেম ইংনা পাল্লনি চাওখং লম্বী থেংলনি ॥৬॥

[২২]

নমমু লাইনিং চুমলকপা লাইরেনবী থম্মোয় নৌরকপা,
থৌজাল মিংয়েং কংলকপা য়াইফ পাওমেন পীরকপা,
লেংলমদবা ঈপুরোই ওইরমদবা মহিরেন,
নাশোল ঈরাই কাংলকলে থৌজাল মরু হুম্নকলে,
তরং নোংদোল শিন্নকলে অহিঙ মরিক চাইরকলে,
খোঞ্জেল খোম্থাং য়ৈরক্লে মায়কৈ তরা নিল্লকলে;
তারো-তারো শল্লাইতোন খঙলো-খঙলো খুৎশেমতোন,
লমজুম লাইপাও চেল্লগে অচুম্বা লম্বী হায়রগে ॥

[২৩]

নপা-নপু থিরকখো পারি-পুরি লিরকখো,
শেম্বীবা মপু নিংলকখো অপোকপবু শোল্লকখো,
হৌরক বারী তাররুখো শলাহ পুয়া নৈরকখো,
করন কমবৈ লাংলকখো হিরি কোনবা তমলকখো,
পরিং লাংশাং ঊরকখো লৈহৌ বারী থিরকখো,
নশক মুননা য়েংলকখে নরন শেংনা খঙলকখো;
অচুম্ববু য়োকললকখো অরানবরু চাৎকখো,
মরুপ মশক খঙ-কখো য়েরুববু ঊরকখো ॥

[২৭]

মহৈ নত্না নিংবদে মথাঙ নত্না পাবগদে,
নশক নত্না থত্তবদে নমিং নত্না শোনবদে;
মহৈ নওগী থিহ্রোই হোংবজবদ কুইরকপোই,
অপাম্বদা থুংহলনি অনিংবদা পীবিনি;
তুংকোই মহৈ উরকউ ইংনা বাক্তা চংলকউ,
হুংশি' খুংপায়নরকউ লোমুকপন্থ ময়াওরকউ,
বাপল নওগী তুংওইনৌ অপাম' নওগী কাওরম্মু,
নখৌতবু তৌরম্মু নশিনতবু পাওলম্মু ॥৮॥

[২৮]

অরামন্থ ঐহাক্কি অনকপদা লোংপনি,
চাওমনবনা উম্বরোই শীকমনবনা থত্তলরোই;
থোইখুম থোজেল ঐহাক্কি অয়াক লায়াও ওইবনি,
রৌদ-নৌব লৈয়োলনি অকনবদা হুংশিংনি,
শাগী পুকচেল ঐহাক্কি হুংশি তেংথা হৈবনি,
মশক্‌চুপ্পা ঐহাক্কি মওং গুনা লৈবনি,
মীহ্ শাহ্‌:ঐহাক্কি নাপী-শিংবী ওইবনি,
নিংব-নিংব মওংনি ওইহনরিংবা ইনিংনি ॥

২৯]

নখৌ-শিনহ্ য়েংশিন্নি লমচং নওগী য়েকশিন্নি,
অক' নওগী থমবিরি কত্ত': নওগী থাকশিরি,
অপাম-পামদ থনকরোই কিয়ে কিনা চেনবরোই,
শেমোং-শেনমাং হনকরোই অচুম-অয়ান ওনকরোই
পুমনমকসি তুমথিনি ঐগী নাক্তা লাকথিনি,
শমজি থাইনা চাইথিনি মহনকমদা হমথিনি,
মুক্তা গুনা লৈরিভে ঐনা শাংলোংনরিভে,
অমার হায়না কৌবনি উকমদবা ময়াইনি ॥

[৩০]

তাইবং পুন্সি চেংজেলাদি কাম্লদোং ঐগী কমবেনি,
ইংনা শেংনা বাথলনা ঐনা পামজ' লৈরাংনি,
ঐনা ফম্বাল লাংলিঙৈ খোয়্দো ময়া তপালিঙৈ,
হিংবা মতম ওইবসি তাইবং খোরম পাঙবনি;
তাইবং নঙগী নরমচং নমু নঙগী নথোরম,
চেংজেল মাগী ময়ুমনি পুন্সি হুংশাং লাইবানি;
লাইজ মশক খঙজবা ঈশিংতবু ঘোকচবা
মপু ঐবু খঙবনি ঈরাং খোরম তৌবনি ॥৯॥

[৩১]

কোরৌ মালেম নাইরিবা তুরেল লুখাই চেল্লিবা,
হুমিং-থাম্ব খোকলিবা থবানমিচাক শুরিবা
চরোল তরেং ঙাল্লিবা লাইরু মপাল লৈরিবা,
নোংখোঙ কোয়বা চংলিবা মায়কৈ তরা নাইরিবা,
হুমলেন-ছামলেন শিংলিবা কুমদম পুংজাও খিল্লিবা,
নিংথম কাম্বী নাইরিবা অময় অঙান শিল্লরিবা
পুংখোল খোম্থাং রৈরিবা ঈহল জগোই শারিবা
মপু ঐগী হুমজাওনি শকউদনা লৈবনি ॥

[৩২]

তরাং-মালাং থায়বগুম শজিক থাবা ঙানবগুম,
তুরেন মমিং লৈবগুম তিলম লাইরম নাইবগুম,
পুমনমক্তি ওগনি অহেন অথোই লৈরোইএ;
মথক-মথা খঙজরো লাইরৈ-পাকপু উজরো,
রেরু থিবিক ওমজরো অমমবস্থ শানজরো,
ঈরাং খোরম তৌজরো তোয়না তোয়না শোনজরো,
মতম মশক খঙজরো মকম চানা কংচরো;
তৌজব' মহৈ কংজরো হোংব' মপান শাজরো ॥

[৩৩]

তাইবং পুন্সি লম্বীগী নমমু ওইনা লৈখিদ্রে;
মালং জগোই শাগ্নিজ্রে, ফুংগা মৈবী লিংখিদ্রে,
তন্না চিন্নমলিদ্রেদুনা লাইজ ঈপালাংজিখে,
লমজুম-লাইপাও অথোইবা মিংকুপ খুদিং কাওরমু'
পুন্সি লাইবা অরুবা মুংশাং লাইরেল অথোইবা,
থবায় মিয়েল ইংলবা ঈগ্রো হুমাই থোগলবা;
মতম অহুম' নিংলসি চিংথৈ মাগ্রোকনরসি,
মপু থৌজাল য়েংলসি লাইগী বাখল কংলসি॥১০॥

[৩৪]

মপু থৌজাল ফংবদা মুংশি' লৈনম তাবদা;
মমমু বাখল শেংথরে অমম' অহিং কোকথরে,
অহল নাক্তা চংথরে লাইদিং লম্বী থিখরে;
মথং শিংনা হুংজথি থবায় ইংনা তাজখি;
অহল য়্যাথং ফংবনা লম্বী লমদাং চুমরনা,
খুমলম্বা মায়খুম হাংথরে জওইবতু য়েংজগে,
মথক মথা খওজরে ঈপুরোইবু উজরে;
মরিন শিংনা কপচরে অপাজলবা মচু ওইজরে॥

[৩৫]

মপু মিংথৈ শকথরে য়েক্কা পুমবা তামথরে,
লাইগী বাখল ফংজরে-শাগ্নমচাত্তু জগথরে;
চামবগী খোজেলনা মায়কৈ গ্নোগ্নাং য়েখজব;
থুমাই মরা তপথরে মালেম পুক্কা ইংথরে;
ঈপুরোইদি হনাওরে থেক্কা বাংলা জোংথরে;
অচা-অথক পৈথরে লৈ-নমক্তনা লোকরে,
অনা অয়েক লৈতেএ অরা মিংকা তারেএ,
অশিবা, কৌবা, লৈতেএ , থমহুং লৈগন্দ লাইদেএ॥১১॥

[৩৬]

ইপুরোইদি ইবুংঙো হায়নিংবত হায়জগে,
কৌজনিংবা কৌজগে শোননিংবত শোনজগে—
লাপনা আ·দা লৈবগী ভিংনা ইকোক কোকপগী,
'অভিংকোকনি' হায়নরি 'শিদবস্থ' কৌনরি,
পুমনমক্কী মপুনি ঐগী ঈপু অরোইবনি,
'ঈপুরোইবু' শোয়রি 'অপোকপস্থ' হায়নরি,
তরং লমজাও ওইরগা 'অভিংঙাবু' কৌনরি,
মপাল পোম্লোই নাইদরি হৌকম লোমকম লৈতরি॥

[৩৭]

মালংববু ওইত্থনা তরং শিল্পনা কোইরগা,
য়ৌনিংবত য়ৌরগা চৎনিংবত চৎলগা,
পুনিংবত পুরগা য়াওনিংবত য়াওরগা;
পুমনমকপু ইন্দুনা মক্ম চানা লংলগা,
'মালংববু' হায়নরি পাঙল চাওই নিংনরি;
নোংছুম ওইনা পৈছুনা ঈরিক ঈচাও ওইদনা,
কোয়ৌ নোংদোল শিল্লগা মক্ম শুনা চাইরগা,
'লাইজ' ঈশিং কৌনরি তাইবং থবায় ওইনরি॥

[৩৮]

মালং 'লাইজ চাইনবা মথোল চাওনা ঙাংনবা,
মৈরি মঙাল থোকহনবা মিপাই থোঙ্গেল তাহনবা;
তাইবং থম্মোয় তনিকপা উরি·উপাল শোকহনবা,
নোংগী থৌবা চাবোকপু 'নোংথাং' কোলোয়নরিবা;
কুমদম নোংখোং হায়নরি ঈঙা নোংজু কৌনরি,
তাইবং চিঙ্গাক কুবিয়ি অচং-অশি থাবিরি;
'কুমবু' 'থাবু' কৌনরি 'থাবুং' 'থাশি' হায়নরি;
মাবু মায়োই হায়বগী 'মালেম' হায়না কৌজরি॥

[৩৯]

লৈনা-লৈনা চৎপগী 'লৈপাক লৈমা' কৌবনি,
পুমনমকপু য়োকপগী 'ঈমা' হায়না নিংবনি,
ওংগা ইংনা হুমখিবা অহিঙ মরিক য়াওখিবা,
'হুমলেম' হায়না শৈথারি অহিঙববু কৌবনি,
কাম্লবা মচাক লোয়খিবা হামলৈন' হায়না শেশকনৈ;
চিংয়া-তময়া কোয়তুনা লৈরাং লৈনম পুরগা,
হানৌ লেঙ-লেঙ চৎলগা ফৌনা ঈথক হোয়গা,
'নামমি' মুংশৎ হায়নরি কোঙ্গোলবসু কৌনরি॥

[৪০]

নোংবু লৈনা পুরগা মতিক নয়াই য়াওরগা,
'নোংলৈ' হায়না খঙনরি অকি-তুজুং ফাওনরি;
মফম শিংনা শিল্লবগী অথোইববু ওহবগা
'লাইরেন, হায়না কৌনরি অরুবনি হায়নরি;
তাইবং পুন্সি নোংসিগী মহৈতবু পীবগী—
'নোংদমববু' শোননরি অফ-ফত্ত খায়মিরি,
হিবু-য়াইবু লোয়নবা নিংশা শাথৌনরিবা,
'হিয়োই' হায়না কৌবনি পুন্সি হিরেন হোনবনি॥

[৪১]

তৎন-থান য়াদবা তুংইন মরুপ ওইরিবা,
'লোয়নববু' কৌগনি মরুপ মশক খঙগনি,
ঐনা চৎপা লমচৎতু মাসু তম্ল চৎলনি;
মাবু ঐনা লায়রবা থওইদনা লোইরবা,
মংজ্রেম হাগ্রেম তোয়রনি ঐবু লায়না কারনি;
মাগা লুনা লোয়নবা তোয়না বারী শানবা,
শেংন-খাইন চানবা রাহং পাওহং তোয়নবা,
মায়পাক-মায়থী পাউখঙনি লখী-ঐগী লমচুমনি॥

[৪২]

ফজবদ শুমহংপা অহেনবদ লোইরবা,
'হেলোই' হায়না শৈথানৈ অশি' থোংজিল ওইনরি,
অশাবনা নম্নবা শারমচংনা ঙম্নবা,
'শারোয়' হায়না কৌনারি হঙোই তিল্লাং শিংনরি;
অনীংববু থৌবগী অপাম্ববু পাঙবগী,
'নিংথৌ' হায়না কৌবনি নাপন শাদোং ওইবনি,
আ-দা লৈবা ওহাকপু লৈশিংতনা মাবগী—
অমাইবদি হায়রিঐ থম্ববনা লাইনিং ওইরিঐ॥

[৪৩]

শাগৈ শল্লাই পীবগী পুকোক পুরেন ওইবগী,
'পিবা' হায়না কৌবনি থৌরমহুগী মপুনে;
অনীংবহু ওনখিবী পামজবদা শাংখিবী,
'নিঙোল' হায়না কৌনরি য়ুম্নাক মমিং খঙদরি,
পা-গী ময়াই ফংখরে পা-গী মশক খঙখরে,
পাশঙ হায়না কৌখরে অফ-ফত্ত খঙখরে;
লৈরাং লৈহী চেল্লক্লে সুংশি' লৈনম শীল্লক্লে
লৈশা' হায়না কৌররে কল্লক মিংয়েং য়ামখরে॥১২॥

[৪৪]

অফবনা মথর্কনি ফত্তবনা মথানি,
নাপন 'য়াইদা লৈবনি মঙং অহুম শুবনি,
ইথুংনা ফংবা লৈরাংনি পাংলেন পাত্ত শাংপনি,
তমজাও কাংলেন কৌবনি উখ্রি উপান হৌবনি;
থাইন-নোংইন চায়নরি অঙম তাম্ন লাওনরি,
নোংবু ফুইনা হৌথিবা মালেম চোংন হৈথিবা,
থাইন মায়থোঙ মকখিবা নোংইন মরাং হৌথিবা,
তাইবং মীয়োল শনখিনি মপু' মত্তিক শকখিনি॥

[৪৫]

ইহাল-হাললা শেমখিবা অহল ইওই ওইরিবা,
অমম-অঙান খাইরিবা কৌরো মতম ককলিবা,
'কৌরোহনবা' কৌনরি তাইবং মিৎপ্ ওইনরি;
অরাপ্পদা লৈনস্থ তংন-থানা যাদরি —
তুংইন মরুপ ওইনরি ফজথোইরে হায়নরি,
'থাজ' মশিং থানরি 'লোইদাম' হায়না কৌনরি,
তাইবং পুন্সি থোবনি ঈহৌ-ঈকং নাইবনি,
থৌরমতবু চি.বনি নিংথৌ ওইনা লৈবনি ॥

[৪৬]

মৈশা মঙাল তাখিবা ই.না চিক্লা উখিবা,
'থাজ' পান্দম লাকখিবা অহিং মৈরা ওইরিবা,
নোংঙাল্লমদায় শক্তিকনি তুংইন থাবা হায়বনি;
অরোই অথম লৈতবা মতম মাবু ওল্লিবা,
খুৎপায় 'চে-ওন' হায়নরি মতাং তরেৎ পান্নরি,
কোরো মাগী কায়দোংনি সনাচুদ শেৎপনি,
'নোংমাইজিংদি' কৌবনি তাংকক মকোক ওইবনি,
ঈয়েক তরেৎকী অহলনি মঙা সল্লাই হায়বনি ॥

[৪৭]

মৈঙাল ময়েক ওইবগী হৌকম ওইনা লৈবগী
'হারৈময়ে' কৌনরি শিংথেক-শিংথা হান্নরি;
পুন্সি থৌরম থৌবগী খেৎনা মচাক পীবগী—
'থৌবাচমিচাক' হায়নরি পুন্সিং বাখল খঙনরি,
লাইবু পুন্না থৌরিবা মপল শুনা লৈরিবা,
'লাইবুং-থৌবু' কৌনরি খুফম মপল থিনরি,
লুনা লা-না চেললিবা লাইরৈপাক থুংনা শিল্লিবা,
লাইম্নুরা তরেৎ শুবনি ঈথল তরেৎ ফাংবনি ॥

[৪৮]

অয়েংবদি পামেলনি উজাও উরেন হায়বনি,
ময়োল খাদা লুকপনি ঙৈনকু নোংদোল ভমবনি,
কোরৌ মালেম শুপ্পনি মরোল অহুম নাইবনি;
ওলনিংবত্ত ওলঙমনি ভাংনিংবত ভাংঙমনি,
য়ৌনিংবত্ত য়ৌঙমনি চৎনিংবত চৎঙমনি,
লাইগী খুৎশেম তোনবনি অতাঙবস্থ হায়বনি,
য়েক্ল শাগৈ চাওবনি লৌশিংতনা খোইবনি,
লাইগী মিতা ফংবনি ময়ুন ওইনা লৈবনি ॥

[৪৯]

তাংকক্ অহুম শুগনি খোঙজাও মপল ফাৎকনি,
মথক থংবা মক্লনি লাইরৈপাকপু ওইবনি,
সম্নরিক মপাল থারিএ নোংথরৈ মউ লিংলিএ,
তুরেল তরেৎ হৌরিএ ঈথল মমিং নাইরিএ,
কবল শিংলি তিংলিএ থমনা মরি লোঙলিএ,
মমুং ইথং-থংবনা মপাল লাংদা ফুমলিএ,
পুন্সি মুংশাং উৎলিএ পুক্লিং বাখল য়েকলিএ,
মোন্নু' লাইবক লাওরিএ মপোক মশক তাকলিএ ॥

[৫০]

অবাংবদা লৈবগী 'অবাং' হায়না কৌবনি,
পুমনমক্কী কৌনফম মক্ল ওইনা লৈবনি,
পুমনমকপু শুপপনি হালেন হানবা ওইবনি;
'অবাং-কৌক্র' হায়নরি 'অশুপ্পস্থ' কৌনরি,
সম্ন-মরিক খিবিক্লা মপাল ওইনা হৌকমনি,
অহিঙ য়োকপা নোংজুনা থৈথরকপা মকমনি,
হিঙন য়েম্নি হুন্নকফম ঈপাক ঈচাও হৌরকফম,
'নোংথরৈ' হায়না শৈথানি 'মউ' কৌনা শৈশকবৈ ॥

[৫১]

শিলবা থুংনা লৈবদো লৈবা লাইবু কৌরদো,
অহানবগী খুন্দাকম মকম শিংনা শম্বুযম
লাইগী বাথল তৌনকম লৈশেম রারা শানকম,
শিজবনা পাউ-ফোংলি লাইরেনবিস্থ তাজরি,
লাইথন তরেং নোল্লুকচৈ শিদ পাউতাক লৌশিনজৈ,
লাইরেনবী তরেং নোনজখি শামৈ-হুমাই হুমজখি,
লৈশেমববু তেংবাংখি ফজথোয়বা ওইহনখি,
মপুই নিংবা থুংনবা ৩াইবং মপু ক্লানবা॥১৩॥

[৫২]

চীংলোন মাপল কোয়রে লে—
কংলা তমপাক য়াইচললে লোকতাক ঈপাক খাথমলে,
তুরেন অহুম তৌথরে অথোইববু ওইথরে,
ঈথায়-ঈরোং য়ামথরে শিংকুপ থোক্লা শিনথরে:
কংলা য়াইদা চংলুবা ঈশেং ঈরু হায়রুবা,
ঈনাং ঈরিক পীরুবা অথোয় পুন্ডবু থোল্লুরা,
অরুবা মরুম ওইথরে ভমথং লৈপ্নাক হায়থরে,
পুক্লিং নিংথৌ পোকথরে হাইনা হুমনা পানথরে॥

[৫৩]

থাইনা চেক্লা প্যাইরকখি নোংইন মাম্থ থুংলখি,
পুক্লিং পামেল উজাওবী মশা নিশিং লোজনবী,
থোইরেন মশা জামকলি হিদাননা তোজলখি,
কোনশেং শনা মশাবু লাইগী বারী খিনবু
থাইনা মানা কংজখি হরাও মথোর মাজখি,
শারম পিনরা মশামদো ঈকা-মামে লোজনদো,
অপায় চুংশি মাঙনদো কনকপনা তিলদো,
নোংইন মান্না কংজখি বাসর ইশৌ লাংজখি॥

[৫৪]

তুংশিবা মথল অহুমনি থশোয় মাগী চার্দনি,
অতোনববু ম্নু শিবা তুহৎপবু কনখৎপা,
মীওই হুপনা য়াওখনি থশোয় পুম্বা লৈথনি;
ঈমা-ঈপা তুংশিবা ঈচিল-ঈনাও চান্নবা,
শাগৈ-সল্লাই পুন্সিবা চফু-উয়ান কায়নবা,
তুংশি মথল অমনি ইতোপ তোপ্পা মথেংলনি;
শানৌ মাবু তুংশিবা শাবী মাস্থ পামমুবা
পাজল হকনা চাওবনি থায়ী মাগী য়াম্বনি ॥

[৫৫]

য়াইবী থবায় থাওমখি অবা পোৎলুম পুওমখি,
পুন্সি থোওবু ওইনখি লাংডোল লৈরাং খুইনখি,
চাদা-নাওদা শান্নখি কাওথুল য়েননৌ থমনখি,
য়াইতোঙ তুংশি মথলনি ইথোয় থোয়বা মহাক্নি;
অইবং পুন্না তুংশিবা থেৎন মিৎয়েং য়াওদবা,
মীস্থ শাস্থ তুংশিবা উন্নি উপান য়োকচবা,
পাকপা পুক্নিং অথোয়বা চাওবা থাখল অরুবা
মপু মাগী তুংশিবা তাইবংনদি ফংদরি ॥

[৫৬]

থাইন-নোংইন চায়নবা অঙম তান্না লাওনবা,
তাইবং পুন্সি লমশাংনি হিংলিঙৈগী মতমনি,
নোংইন মামা থোক্লবা ঈশিং শেন্না থকচবা,
অন্নি-অনৌ ওনথমি মীয়োন মাইনা পানবনি;
থাইন-নোংইন খওজবা তুংগী ঈচেল চুপচবা,
লাইনিং লবী চুমজবা মতই চান্না নোমজবা
পুন্সি শিন্না শাওজবা লৈরাং ওইনা কৈমখিবা
মপু মাগী শিথানি শোইকত্রবা পাউমৈন্নি ॥

[৫৭]

অছুম শুবা তাংককতো মখা-থংবা লৈপাকনো,
খমনুং তুবী লৈবনি অমং চৈশিং খিবনি,
থেক্লা লৈনা চৎপনি খারম থোঙজাও কাৎপনি,
'হুনি' 'নারোৎ' লৈবনি তাইবং লৈয়োও ওইবনি,
পুন্সি চেংজেল লোইকমনি খমনুং পাউজেল থুংকমনি,
থম্বাল লৈরিক কেনকমনি চাদ-নাওদ শনকমনি,
খোয়রাং হৈরাং চাকমনি অপাম-মুংশি লোমকমনি,
পুমনমক্কী হোৎকমনি মোংকম ওইবা মহাক্লি ॥১৪॥

[৫৮]

তাইবং পুন্সি লমদাঙগী চংন' লম্বী য়ামগনি,
পামেল উজাও হায়গনি মশা মরেং ফলগনি,
অক ফত্ত অনিনা অচাও' উকা ওইগনি,
মশা চগুপ য়ামগনি মনা মশিং কুপকনি,
লমচৎ হায়না কৌনরি নোরেন ওইনা হোন্নরি,
মীনি-শাগী খঙনরি অথোই অহেন খায়নরি,
লাইরৈপাকপু ফংনরি শিদ' শায়োল ওইনরি,
শারমচৎনা লোমখিবা হঙ্গোই তিল্লাং শিংনরি ॥

[৫৯]

অকিবস্থ লমচৎনি হিংচা য়াইতম মহাকনি,
অইংবা কৌবা মহাক্লি খম্বনা মমানি;
পাঙ্গল কলবা মহাক্লি অমেংবস্থ ওইবনি,
য়েক্লববু ঙমজবা লানঙম ফিরান থেৎচবা,
মায়থি' কোমদা তাবস্থ তেংথা-নাওই কপপস্থ,
মহাকতনা শিনবনি মহাকতনা চিংবনি,
মদোম তরক উবনি মথল তরুক শুবনি,
নঙনা তোঙবা মীওইবা' নঙগী নমিং কৌগনি ॥

[৬০]

অপঙবদি অহিংনি খঙদবনা মম্বনি,
অশিংবনা মুংথিল্লান লৌশিং থাঙমৈ থানবনি;
উজরেদো অকিবা খঙজরেদো তমখিবা,
অকি-অখং ভুংঙইনৈ অচুম' লম্বী চাশিননৈ,
থম্বাল লৈরাং শাংলরে মুংশিবা লৈনম য়েল্লরে,
অহিংদদি উদেএ অমম্বনা খঙদেএ,
থৌজাল হায়বা লৈতেএ মপু মিংথৈ শোনদেএ;
মুংশি' মশক খঙলোয়এ শিদ' নাক্ত য়ৌরোইএ ॥

[৬১]

পুন্সি লৈরাং শাংলরোই খোইথুম লৈহি চেল্লরোই,
খোয়মু খোয়রা ইল্লরোই মপুগী থৌজাল ফংলরোই,
পোমনা লৈমন চল্লনি মী রেম ওইনা মাঙলনি,
ঈশৌ থাম্বী লাংলনি মালেম ভাইবং লুমলনি,
খুন্নাই তিংখঙ ওইরনি চাওখৎ পলখিং হায়রনি,
বাকায শিনশু তমলুনি থৌরৈতনা লাওরুনি,
লৈপাক ইরাং হৌরনি বাথোক মশিং য়ামলনি,
মালেম পুন্না চেম্বনি খাইবুং-খাইবুং থৌননি ॥১৫॥

[৬২]

ফজবনা থকখিবা ওইজবনা চিংখিবা,
নপোৎ নরন থাখিবা নশক মংনা কাওখিবা,
ফজ থোইরে হায়দনা নপ্পা তাংনা হিংখিবা,
চাওখৎপনি নিংদনা মীগী লিচৎ লৌরুবা,
মহৌশানা য়ারোইএ লাইগী বায়েল লৈরিএ;
উচেক বায়ানা হায়রিএ নাপী শিংবীনা উৎলিএ,
লৈরাং মপাল চিলবনি তাওজিং মহৈ চাবনি,
লৈয়াং তাওজিং ওনফয়োই মপু মানা লাওরিএ ॥

[৬৩]

লাইজ ঈপাক চাওরিএ লেমলৈ মখল য়ামলিএ,
শরেং, তম্মু হায়রিএ মাথী কাংলুপ নাইরিএ,
তম্মু শরেং ওনবী ঈয়োলমচুংস্থ থাদবী;
থবায় নিংশা পানবশিং মপু শিস্থা হিকতরি,
লেনকু থোইরেন কংলগা ননিং তৌনা পায়রগা,
মপু শিস্থা কাওগেরা ! লম্বী নৌনা শেমগেরা ?
অয়ান চীংথোন কাগেরা অময় লোকচুং চংগেরা ?
মপু মীচৈ কংগেরা কোলোল ওইনা তাককেরা ?

[৬৪]

মপুই নিকলম চুমলগা লম্বী-লমদাং শেংলগা,
অথোইববু ওইবনি লৌশিং মৈ-রা চাওবনি,
মপু মাবু থৌওইদা লমজুম লম্বী লিক্রুদ,
থৌজাল কয়ম কংগনি লৌশিং কদাই চাওগনি;
মালেল তাইবং ইংনবা চায়-গিয় পায়বা,
'লেনকু' মাবু ননকুবা ঈপুরোইবী পুক্নিংনি,
মখল মথেল নাইহনবা অপোকপম্বী বাখলনি'
ময়োন-ময়োম্বা শোনহনবা মাপু মানা পামজনি।

[৬৫]

ময়োল-ঈয়োল থাকরোই হুংশি-চায় কাওরোই,
অবা-অনা ক্লেওমলোই তেংবাঙনিংবা খিংওমলোই;
পলেম মাথী য়াথংনি অপোকপনা তাকপনি,
ঈবাই য়াথং ইয়গা ঈপুরোইবু কংগনি,
অবা-অনা লৈনরোই মালেম ইরনা পায়রনি,
লৈথী লৈথর য়ামলগা চমুল-চমুল শাংলগা,
লৈকোন মাহ্‌ নিংথিনি লেমলিবহ্‌ হয়াওনি,
মচু-মমেন য়ামলনি ক্লেবথী পেনবা লৈরোই।

[৬৬]

ঈশক-ঈচু খাওয়থি লোনচং ঈবাং তিনজসি,
লৈথল ওইনা খমলসি মথল মখেল য়ামলসি;
মদোম লৈবাং কংলগা মপু মানা পেল্লোরএ,
নিংবা থুংলে ছায়দবা লৈবা জগোই শাগোইএ;
লৈ-থল অমত্ত পামলবা কাংলুপ অমত্ত নিংলবা,
করিগী থেংনবা শেমলুনি মালেম বাখোক ওইনবা;
মথল মখেল পাম্বদবা মখিং হক্ল্য শেমবনি,
ঈশক ঐগী কোংদবা মপু মাবু নিংবনি ॥১৬॥

[৬৭]

ননাং নঙনা থায়বা বয়োন নঙনা কাওরবা,
মীপাল তাংনা হিংলবা মীয়োন নায়োন শারবা,
মীনাই ওইগে নিংবনি অয়েম্ববু চাবনি;
নঙগী কাংলুপ হাংপনি লৈত্তৌনবা পোকপনি;
মীগী নঙনা লৈথোললুময়াই ওইনা ভালহল্লু;
কাইয়েন কাইজাও পুজরু খোঙবাল ওইনা চেনজরু,
নশাই শাগৈ মুংনবা কাংলুপ নংগী মরুবা,
নদোম নঙনা লাংথাকপা নশাতবু থুরনি ॥

[৬৮]

নঙনা বাহোং শাজবা বাহোং মায়ে নিংজবা,
নকপা মানা খোগংপা তিন্নবনা মানজবা,
বাহোং ময়াম য়াদরি ভোংঙালবনা চিংনরি,
মুত্তক-মুত্তক হংনরি নত্তে ওইদে হায়নরি;
শাঙ-শাদ হোংলোয়এ কুচু কুমেন মাঙলোইএ
নমৈ শাংবা ভমলোয়এ ননা পাকপা য়ায়োইএ,
'য়ুমিং' 'থা' নি হায়রোয়এ মালেম মৈবু ওইরোইএ,
অয়েম্মচু লেংঙমলোয় অওইবচু হোংঙমলোয় ॥

[৬৯]

অকিবনা নমহৎপা অকনবনা তুহৎপা,
লাইয়বনা ওইখিবা ওইজবগী চৎখিবা,
অশেংবনি হায়রোইএ অচুম্ববু ওইরোইএ;
থাংলেনদি য়াররোই মৈথুনদি ভমলরোই,
হাৎতোকপনা ইংলরোই চায়নবনা লোয়ররোই,
অঙম লাননা নর্মখিবা নোইথত্তুনা থমখিবা,
মায়পাকপনি নিংলুহু লোয়রবনি চোংলুহু,
ককলিমথৈ চোংখিনি হাৎলিমথৈ পোকাখনি॥

[৭০]

থম্মোয় নুংদা লৈরিবা মুৎলি-মুৎলি চাকলিবা,
অপাম্বগী মৈরিদো ঈনাৎকীনা ঈহৌদো,
য়াম্না শোলনা উবনি মালং ঈপোমদা হাইবনি,
তরাই-তরাই মুৎলোইএ শিংনবনা য়ারোইএ;
নোংথাংগুম্না থৌবনি মঙালগুম্না য়াংবনি,
নুংশিৎকুম্না কলবনি লাইগুম্না চাওবনি,
মালেম তুমনা চাকঙম্বা তরং থুমনা শিলঙম্বা,
মৈরু মরিক ওইবনি লাইজ ঈরিক মানবনি॥১৭॥

[৭১]

মনাৎ লাইনিং থুংহন্দ চাকথুং শরুক পীবিদ,
মনিং তম্না নোমহন্দা মখোঙমক্না লেপহন্দা,
মরোলমক্না ঙাংহন্দা মীয়ামলক্তা তিলহন্দা,
লমছুই লৌশিং শারবা, নতাৎ তৌনা কপলবা,
নমাতবু থাগৎপা ননাত্তবু য়োকলবা,
অপঙ' ময়াম হোইরবা নঙগী থুৎপু শেমলবা,
তুংকোই ঈশৌ হুনবনি নিংঙমদ' মৈচাক য়োকপনি,
চায়না লানবুং থোলবনি লানলোয় চারা লিংবনি॥

[৭২]

মচা লুপগু হুংশিসি তাইবং ওইনা খলনসি,
থকসি-খাসি খন্নসি মীওই' মরূপ হায়নসি,
অন্নাংপদা পাওনসি অহেনবত্নু পীনসি,
চান্ন-মরী লিংনসি হুংশি মিৎয়েং তান্নসি,
ননাং-ঈনাং য়োকনসি লোরো হোংলো হায়হুসি,
ঈনাং থোরম চংনসি মাঙই-শেংই হায়হুসি,
অচৌ-অপিক নাইগুমসি অনেম অন্নাং থায়গুমসি
শোকন-পননা য়াহনসি পুন্না তিননা চানসি॥

[৭৩]

অখঙ-অহৈ শিলশন্নু অনেংম-অন্না ফংশন্নু,
থকসি মখোয় লৌশন্নু নোন্নুকপদা ওইসন্নু,
নাপল হায়বা লৈরোইএ চাওখোকপন্নু য়াওরোইএ,
অরৈ লৈত থিরোইএ অয়াম-য়ামদ খললোইএ;
মীওইবগী নোমজবা মীয়ামগীদমক কৎচবা,
শারম রাখল থারবা লাইগী রাখল য়োকলবা,
থাদোকপত্নু ওমলবা খন্নবত গুন্নবা
লাইনা থাবা মপোক্লি কাথি' লাংঙোল শেংবনি॥

[৭৪]

অহৈবগা শিংনবা অখঙবগা মুকনবা,
নহা অহল য়েংদবা হুপী অঙাং থিদবা,
খঙদ' মপাল শারবা থন্দ মখোল খোকলবা,
য়েংনিং ঈহৌ তোইবুবা লৈতোন মতাং চাদবা;
তুংহল লমম্নেল ওইগনি চাওখনব াহিংগনি,
লৈতৌরিবা মহাক্লি থুনাই তিংখঙ ওইবনি,
ঈচা নঙবু শিনতাকপা কৈকাই মচা শিংথিনি,
অহানবনি খন্ননি নমাই পাউম্নেল লেপলনি॥

[৭৫]

ওসি ওইবা মালেমগী মৌরিক লৈবা খুরাইরী,
হেয়েং-থোইরে শিংনবা হিংলয়া লাকনবা
অশোন কাংলুপ মোইরাংবা মচা-মচা খোলচিনবা,
মীনাই-মীচল শেমলাংবা মমম থোইবম চাওখোকপা;
অয়ুখবা খোই-তোমা লেমনা লাওনা পিনবা,
হৌদোং মাঙী লাংলৌবি পুককংতবা শাৱৌনি,
পঙল মতম তাইবনি অচে' তাঙা নেংখনি;
থাবুক থমনা চাববা হুংতাই শাদোং ওইনবা ॥

[৭৬]

হৌদোং নভাং থকনরে মালেম পুম্মা চাওখরে,
লাইকু বংবা বাঙনি অপাঙ তায় তাংলনিং;
হুমাং তানা নোমনিংদা মতিং থেক্না ওনিংদ,
লন্বী লমদাও য়েংলুহু কত্ত পোবম থিরহু,
খোইরেন খোইয়াম শিংশিংসি হত্নিং খোরদা হওলুসি,
ওনিংদবা কাওলুপতো মখিং য়াঙা য়ারোইএ,
অত্ত' কাওলুপ তিন্দুনা পুন্সি মু'শাং থংলিএ,
ওদ-নোমদ হিংনিংবা মপু মানা চানলোইএ ॥১৮॥

[৭৭]

থেংন' খোত্তবু নত্তনা তুপা বাগা নাইদনা,
অওম-ওমদা থায়দনা অত্তাক অইন য়াওদনা,
মপা-মমা কৌদনা মচা-মত্ত শমদনা,
মরী-মতা লোওদনা থাগে শলাই লিংদনা,
মালেম তাইবং ওইদেএ থুমাই লিংবা য়াদেএ;
হুরী-হুপা থায়রিএ মথৌ মতম তোপলিএ,
মথৌ কায়ম চংলবা মতম মাগী পাওয়রা—
হুমগাই থুনগাই তোইরিএ কায়না মখিং য়াদলিএ ॥

[৮১]

লৈকায় শনবাল লানদবী ইরাং কৈথেল কাদবী,
মীরা শিনস্তু তোইদরী মুমলোন' মাঙ্গোল চিন্নদবী,
চিন্দা পাওদা পামদবী অরাই অথুম কুংদবী,
মচাক হককন চাওদবী য়োংলৈ মীয়ৈ হায়দবী;
কাওন' বাকৈ হৈথোইবী নাওথেম শৈশক শৈথোইবী,
হয়াও ঈরাং পীথোইবী নোঙ্গিং ঈহৌ পোকহনবী,
নিংঙাই বাথল কাঙ্হনবী পেন্দ' পুঙ্গিং শিনগুম্বী,
মীয়োক মীচান কৱবী মীচঙ-মীথোক লেমজবী ॥

[৮২]

ফুগোই বাংগোই লৈজবী লমশিং লমশেং তোয়জবী,
শঙগাই লাইকম খঙজবী লাইথল সুনা নিংজবী,
মতম মশক খঙজবী থৌরম থৌনি কায়দবী
নিবা-বাইবা পীহৈবী মতাং খঙনা লিকচবী;
লোইমোম মপোক খঙজবী ফৌগু মতম নাইজবী,
ঈশাইফু ঈয়োক কংদবী শঙগাই মৈরু মুত্তবী,
চেঙফু মকম কায়দবী চফু-উয়ান ওন্দবী,
ঙারুক তোইনা পায়দবী থুমফু মাঙনা চাদবী ॥

[৮৩]

নাশোল ইরাই কলদবী খোঙথাং মনিল নাইদবী,
অরা-বাথল ফুমদবী মুগুক মুঙজা' লেনদবী—
মরাই লৈগুম লোঙদবী নোকমায়-হেমায় তৌদবী;
মতম চুপ্পা তেকচবী ওনৌ-ওনৌ উজবী,
মতাং চানা কৌশিনবী মতম য়েংনা খিংগৌবী,
অহিং লাইনিং চুমজবী মিকোন-থাগোল হিপচবী,
ফুংগা-রারী খঙজবী শঙন খোঙজাও খিংজবী,
হয়াল চিহি তাওবী মিকপ তাঙ্গা হৈজবী ॥১৭॥

[৮৪]

লৈশা-মরুপ থিবিক্না খোয়নৌ কাংবু-কাংবুনা,
লৈকাইদুগী য়াইতোংবী লৈশা' শিল্লম তমলকপী,
মমা শুইবা হৈরকপী মনেম শাবা শিংলকপী'
হয় মরাই চাইরবী য়ুমবান মরিক খঙলবী;
ইবেনপোক্কী ময়ুমদা শিন্নাই-ফদি কারিএ,
য়ুমবান লাইরা তমলিএ চৎলম লগী থিরিএ,
খুৎকী লনন্নুম তাল্লিএ পোৎশোক হৈবা ওইরিএ,
য়ুমগী রাৎপা লৈতেএ মীতোংদগী হুণ্ডেএ ॥

[৮৫]

পোৎকী মরাং কায়রিএ ইমুংদুগী শুরিএ,
অহেনবস্থ লৈতেএ কল্লক' মমি তাদেএ,
হুরান' রাখল পোকতেএ খেৎন খাইবুং চোংদেএ,
য়ুমলোনবা কায়দেএ মু শি মরি তত্তেএ;
মীতৈ খুন্নাই নিংথিবা ফিদম লৌনিং য়েংলম্বা,
মপা-মমা পাংশুবা পারি-ঈমোম য়াওশাৎপা,
লাই চুদৎ তাঙজবা লমজা মশিং হকতবা
পারম-পুরম থাদবা ঈমাই লাশোন লেপ্তবা ॥

[৮৬]

মীরোল-মীরোল হৌথিএ মতম মানা খুমথিএ,
লাথুপ মরোল য়ামলিএ নিংশিংবনা ফংলিএ,
পুক্লিং ইনৌ নৌরিএ উজরুবা কপলিএ;
লৈমা লিচৎ কায়খ্রিডৈ মুপী থৌদাং পাঙলিডৈ,
ঈমুং মপুক তপলিডৈ খুন্নাই মরা চেললিডৈ,
লাকচ কনা য়াওরোইএ লৈপাক মাঙবা য়ারোইএ;
লৈমা পুকচেল য়াংথিমু মীরান' কোন্দা শাৎথিমু,
লমচৎ লৈখা তাথিমু চেক্লা ওইনা পাইথিমু ॥

[৮৭]

তম্বা ওইবা নহাশিং শানৌ মথোন কাবশিং,
পম্বৌ য়াথং হিকচদে তাকপি·তম্বী লায়জদে;
অখঙ-অহৈ খলদনা পুল্লপ-পুল্লপ তিন্দনা,
তম্না-হংনা খঙজখি হোৎন' চাংয়েং তোইজখি,
লাইনিং লম্বী উজখি পুক্সি লাইবা খঙজখি,
নিপা থৌদাং ঙমজখি শিংনা লানঙ' হৈভখি;
মীরান লাকচ ঙমখিদে লৈপাক ঙাকপা নোপখিদে,
মীখা থানা হিংখিদে মায়থোঙ লৈবা য়েংখিদে ॥

[৮৮]

শিনাই-শিন্দম কাদ্রবা য়ুমবান লিচৎ তমদ্রবা,
নিপা থৌগল খঙদ্রবা মশা ঙাকপা হৈত্রবা,
মচা-মশক খঙদ্রবা চাবোক রারী তাদ্রবা,
পিবা-চায়োক হৈত্রবা নিংঙোল অউন থমদ্রবা,
মুমিৎ মশিং খঙদ্রবা হকশেং থাজ ঙাইদ্রবা,
ঈরি-ঈনৌ শিন্দ্রবা অনোই তোংশা য়োকত্রবা;
কুমশিং-শুদ লৈরাংবী মতম নায়দ হৈচাদী,
মমা ওইবা ঙমলোইএ মচা মাগী ফরোইএ ॥

[৮৯]

লৈবুং য়াক ঃাওদ্রবা খুনজা মীতিন চংদ্রবা,
লৈকায় খুংলঙ তৌদ্রবা মদোম তরক তারব';
চাক-চা য়ুথক হৈত্রবা য়াহিপ পরম নাইদ্রবা,
নমজা নমথেক চারবা চননিং ঈরিক হন্দ্রবা;
শারম রাখল য়োকলবা ফত্ত মথোঙ শোমলবা,
শাজেন-চাংয়েঙ তোকলবা মায়য়োক থোঙফম কাওরবা,
চায়না লানওং হৈত্রবা লানবুং পরম খঙদ্রবা,
মায়থোঙ লৈদা লুকলনি লৈপাক ঙাকপা ঙমলোয়এ ॥

[৯০]

মুপী কাংলুপ শোইবনা মমল লৈতে' য়োলবনা,
লেমকেং লমহেন লিচংনা অকি হজোয় য়াওজনা,
নোংলুকপদি লোয়দনা মুংশি খম্মোয় নৌদনা;
নিপা মথৌ হনবনি বাখল চকক চুবনি,
পুক্লিং মশা পালবনি অশাও থাম্বী হৌবনি,
খৎন-চৈনা হিঙবনি বাথোক বায়াম য়োকপনি;
ইমুং মরা তপলোয়এ খুনাই চাঙবা য়ারোইএ,
লৈপাক ইংবা ঙমলোয়এ মালেম চিকপা য়ারোইএ ॥২০॥

[৯১]

মুপী লুনা খল্লসি ইকায় খুম্মনা য়েংলসি,
ইজৎ মাগী থমলসি মথুং ওইনা ঙাকপিসি,
ঈমা ওইনা নিংলসি মুংশি চাননা লোয়নসি;
থৌদা-বারক পীরসি হৈন'-শিংন' তাকলসি,
লিচৎ-লোনচৎ লিরসি লৌশিং মথৌ শঙলসি,
কান্ন থোঙবু শেমলসি তেঙবাঙ হৈবী ওইহনসি,
চাবোক মশিং কক্‌হনসি পুন্সি মুংশাং লৈহনসি,
কৈরাক চৈথল লিংলসি মপু নাক্তা য়োরসি ॥

[৯২]

ঙসি-তবু হিংজবা মিকুপ-তুদা লানজবা,
নিংফম থোকপা লাইনিংনি নিফম থোকপা লাইশোন্নি,
ঙসি কৌবা লাইরুনি থাবুম-থাজ পোকপনি,
চহি-কুমওন শুবনি চাক খন মরি নাইবনি;
ঙসি কৌবা চক-সিমা মসুং মরি শুসিমা,
তাইবংনদি নিজৈএ কুম্মৈ শাংগে নিংজৈএ,
হায়ফ থোক্লা হায়জৈএ শোনজ' ইথৌ ওইজৈএ;
পীগে পীরোই ননিংনি নঙনা শেম্বা তাইবংনি ॥

[৯৩]

ঙাংনা নঙ্গাল পীরকপা লৌশিং মৈবা চাইরকপা,
থৌনা ইচিক হুল্লকপা শিনগু পাওখোল লাওরকপা,
শিলম-শিন্থা পাঙ'-তমনি ঙম-পাঙনবা তাংকার,
লুনা রাংনা কারকপা লবায় কোয়বেন ।য়ংলকপ ,
শাফু মুংশা কল্লকপা মৈ.চং মেবি থিক কপা,
মথৌ মঙম থানখি ময়ুম- বাল' ,.।.।,
হায়ুম-হধা শোনজখি খোধুম মতিক শকচখি,
নিংশা চনিং তাংজখি হকচোক ঈংল ফ ডাখ ॥

[৯৪]

লুরাং মিৎয়েঙ মেনখিবা শিনপাঙ পুংলুপ পাখিবা,
হরাও খেনা শান্নখি নঙম তুম্বা পাঙনাখ,
খুনা মংনা হায়র্থাখি মুবা খুমন ফাওবকখি,
তেংবান ফিকুক খুমজখি অমম্বদা .লাৎচ খ,
চৌংয়া তময় উখিদে লম্বী লমদা ঙানখিদে
হিংচা য়াইতম হৌবকখি শারমচৎনা চো নকখি,
অকি তুজুং কাওনাখ ময়ুম মকোন চংনখি,
খুৎশেম মৈঙাল তাজখি খোম.লন তুমখুন হুনজখি ॥

[৯৫]

রাযনচ লনস্বা নংতুং লম-ঙাকপা,
রাখল রাব লিবিবা হৌফম মন্ধ তাকলিবা,
পাওরৌতুং পাওতাকপা থৌনমতুগী ব,,,
পবা-যাবি হায়দন। 'পুয়া' হায়ন। কৌরএ.
মঙাং লিকলু তাকলিবা হৌরক রাবী পাবিবা,
'মঙাং-পুয়া' হাযগনি শললাইহুনা খঙগনি,
'লুরা-পুয়া' হায়রিএ 'খুমন-পুয়া' কৌরিএ,
শল্লাই মখল গুরিএ পুয়া গুনা লৈরিএ॥২২॥

[৯৬]

শাগৈ তরেৎ লৈরিএ য়ুমনাক তরেৎ লোঙলিএ,
মৈ-খল তরেৎ খোকলিএ মৈ-হৌ তরেৎ শুরিএ,
এনহেন তরেৎ নাইরিএ শিং খন তরেৎ তোপলিএ,
থাং-খল তরেৎ হায়রিএ খো-খল তরেৎ খায়রিএ,
লৈ খল তরেৎ শাৎলিএ লা-খল তরেৎ চোংলিএ,
হিদেল তরেৎ খঙলিএ ঈশোক মঙং তাকলিএ,
থাজ মশক খৎনৈএ থাবান হোংনা লালিএ,
মচু তরেৎ ভারএ পুন্না অমা ওইরিএ॥

[৯৭]

হৈরম তরেৎ খিনরি লৈরম তরেৎ হেকনরি,
শাগৈ তরেৎ খায়নরি শল্লাই তরেৎ লিংলরি;
চয়োল তরেৎ লৈরিনা তরেৎ খুজং ওইরিনা,
তরেৎ শুনা পুল্লিনা অমত্তুনি হায়রিনা,
মীতৈং/ নতৈ হায়রিনা হৌকম মঙ্গ পুল্লিনা,
ওৎন-ওৎন শল্লিনা মীকোক মশিং য়ামলিনা;
ঈপা-মরি কাওদরি ঈয়েক-ঈরি কৌনরি,
ঈমা-মরি নিংশিংলি শাইরুক তিন্ন' হায়নরি॥

[৯৮]

শাগৈ ঐগী লৌনবা ঈপা মরি থুংনবা;
লাইগী বায়েল থৎপনি কৈরাক মরি ককপনি,
তরেৎশুবা লাংঙোন্দা নঙগী খোঙগুল মুল্লনি;
ঈমাই ঈনা শাবনি লৌকম-হুদা ওনবনি,
ঈশাই ঈরুক কৌগমি শকওং-শদ' মনিগনি;
ঈশাই-লুক্তি লৌকমনি মরুতবু লুবনি,
তারকপা মরু হৌহনবা মথল হোংদ" চাওহনবা
লৌকম মাগী মহৌনি ঈমাতগী মঙমনি॥

[৯৯]

শাইকক তিনখি' য়ুমনাকতো ঈপু চৌখি' লৌক্ষমদো,
ঐনা লোমন্দ কাওরনি লমলান য়ুমনাক ওইরনি;
মীরোল অহুম হৌব্রবা ভবাও পরৈ চনব্রবা,
লুহোং-কৈহোং য়ানসি ঙাইবু শেনবু ওইনসি
পম্মুং নিংঙোল থানবা ঈচাও ঈরৈ হন্নব,
শাইকককিস্থ লুখন্না লোম্বা-লোইবা লৈহন্দ,
পুক্সিঙ-লায়য়েঙ চৎনদ রাখল ফিগে শেন্দ.
চারৌ মৌরৌ লায়খোইএ খুনাই চাওবা য়ারোইএ ॥২৩॥

[১০০]

য়ুমবানবনা লমচুমনি য়ুমবানবনা লাইনি নি;
লিল্লা য়াওদ' মহারা লিল্লা মহাও খঙলোয়এ,
ঈশৈ ঙংদ' মীতুনা ঈশৈ ফাবা য়ারোইএ;
মমা ওইদ' মুপীতু মচা মুংশি' ফাওবোইএ,
লমবা থোক্তা নিপানা নিপা থৌদাঙ লৈবোইএ;
অথুমবত চাবস্থ ওকপা খিবা লাকইএ
মুংঙাইবত উবস্থ নাকল অমা খংদেএ
অরা-মুংঙাই অপুনবা য়ুমলিংবনা শোক্কান ॥

[১০১]

ফজবত খনজবা মুংঙাইবত নিংজবা,
অরা-অনা পামদবা মিকপ মিরাও য়াওদবা,
হিচা-য়াইতম চাদবা থবায় পানবা হাত্তবা,
লাইনিং লাইশোল কল্লিবা পুক্সিং রাখল ফজবা;
য়ুমবান্দবা নহাক্না য়ুমবাল মরোল খঙলোয়এ,
মমা ওইবা রাখলদো মপা শাবা মতাংদো,
নঙঙোন্দদি য়াওরোই রাখলতুনা ফংলরোই,
নমা হক্সং মু ঙোললোয় নপা নিংলক লাকলরোই ॥

[১০২]

নঙনা য়েনবা লাইব্রাদো নঙনা চাইবা লৈরাংদো,
কনা· শোলহৌরি কদায়দদি চু-হৌরি;
নং গুম লোয়না তল্লবা য়ুনবানববু চাইর-দা,
চাদ-নাওদ লৈররোই মীরোল-মরোল নাইররোই,
নংগী মীরোল খল্বদা লৈরাংগুম্না খুইবদা,
তাইবং কাংলুপ লৈররোই খুনবান-লৈপান নাইররোই,
শাগী মালেম ওইরনি উমং-ব্রামং শোংলনি;
লাইনিং লম্বী চুমল স হাকথেংননা য়াওরসি ॥

[১০৩]

পুয়া-তনা লমজমনি পুয়া-তনা ফিশেংনি;
পুয়া-তনা শকয়েঙনি পুয়-তনা হিরেন-নি,
পুয়া-তনা হৈরুনি পুয়া-তনা লীকফাঙনি,
পুয়া-তনা মৈরানি পুয়া-তনা উগনি;
নৌবী-নৌরেন ওইগনি পম্বুং তান্না হোনগনি,
মনা-মহৈ খঙগনি মপাল শাবা লোমগান,
মপু মশক শেংগনি মীরান তোপ্না লৈগনি,
পুয়া-তবু থিরসি পুয়া-তদা হংলসি ॥

[১০৪]

পুয়া-শৈবা লোয়রোয়এ মথং-মথং লাকলিএ;
লৈগী মনম ফংবনা লৈশাং শোয়দে তাকলিএ,
মৈথু ব্রাংনা কাবনা মৈ-পোক লাংহৌ হায়রিএ,
পীকপা নব্রা উবনা মপা-মমা নিংশিংঙি;
নিংথম কাম্বী ওনবনা ঈকং-ঈচাও লৈবনা,
মতম খোঙলৈ লৈবনা থারুক তরুক শুবনা,
চেক্লা মরোল তোপ্পনা পোম্বী মখল সুবনা,
মতম খোঙলৈ তাকলিএ ওন্না-ওন্না চংলিএ ॥

[১০৫]

ঐ ঙসি ছিংবনা ঈমা-ঈপা লৈরিএ,
ঈমা-ঈপা লৈবনা ঈপু-ঈবেন পোকখিএ,
ঐনা চাদ শমথনা কৈরাক চৈরেঙ ওইরিএ,
ঈশু-শুথাঙ তাদনা চৈরেঙ-চৈথন তেকলোয়এ;
ঐবু হৌজিক কৌবনি হয়েং কৌবা ঈচানি,
ঙরাং হায়বা ঈপানি মথং-মনাও কাবনি,
লাইরম লেনদৈ মরিনি হোরকপদৈ শমবনি,
ঐনা চুকপু ওইবনি ঐনা পুয়া শেংবনি॥

[১০৬]

লায়না লৈবা লাইবানি থাপ্না লুনা উবনি,
অহিঙ লদাং শুঙাইবা তাইবং লানফম বাদবা,
ময়াই মঙা য়োকনবা মমি কুইনা তানবা,
চাকহোঙ-ঙাহোঙ হন্নবা চাদ নাওদ থলনবা;
লম্বী লমদাং শেমবদো থৌরম লিথুন লিবদো,
কাংলুপ হুপনা চংপদো শাগৈ পুন্না য়াবদো,
অরুবনি হায়বদো অশেংবনি নিংবদো,
লাইনিং লম্বী কৌগনি অথোই অহেন লৈরোইএ॥২৪॥

[১০৭]

তেনশিল্লসি ঈবেনথো পোংথারসি ঈপুথো॥
থন্নং বারী লিকবা পোমিৎ মিংয়েং চঙলুবা,
য়ারা কান্না শৈথিবা খঙদবনা লানখিবা,
তাথি-তাওই তৌবিন্নু ইরাল ওইনা লৌবিন্নু,
ঈশো খিবিক ল্যাংবিন্নু কাইদোং ফৈরা থ্যাবিন্নু,
কোরো মালেম তৎপীন্নু নোংথোঙ কোয়বা লেপ্লিন্নু,
থবায় মিরেল হ্যামবিন্নু নিংশা চুকলী থাবীন্নু
হুঙ··· য়াইফবা য়াইফবা মি-মি-মি কুক-কুক-কুক॥২৫॥

থৈশিনজরে॥

## অইবগী মীতৈ ঈরূপনা ফোংজখ্রবা লাইরিকশিং—

১। শকয়েক

২। মীতৈ/মৈতৈনচিংবগী শুগাইবা ব্রারোল।

## লাইরিক ফংফম—

1. Ranabir Radio, Khurai Lamlong.
2. A.K. Book House, Paona Road Imphal.
3. Orient News Paper Centre, Kong Keithel.
4. E. Rishikesh, Laipham Khunou.
5. Tensubam Yaima, Lamlong Keithel.